Tears from the depth of some
divine despair
Rise in the heart, and gather
to the eyes.
Looking on the happy Autumn-
fields,
And thinking of the days th
are no ore.

Tenny.

পবাগি [illegible] চেৎলান। ভোর্কানদা মহুাবা
নওঁচহৈবগ। মৈথক মচেয়াক মশাং থিবগা অহাদগী মৈথক
বদা হিংনা কপ নওঁহৈবগ। মৈথোম চেহীবমা চেখনা চোক
[illegible]গী চোংনখা বার্ণ। ভুৎহৈন্না [illegible] ইঁচৈ [illegible]না
নুংশিং চউঁচবর্গ। পা[illegible] খুম পনুং গাইটৈ খউদনা

মপাউ মাগী নুংশিনা মীকুপ্পা মীনবী উজিং মতম মুন্নবা ঈনুং খোঙজেল লোয়রবা চেক্লাগী য়াকাই শয়িক তাবদা অমম্বা কীকক হাপ্পুনা সনাবা ঈটপাম মৌরবা ঈনুংগী অম্বাংবা মোংমোন নোকপগুম মাংমনা ঈরুংতৌ মাগী মপাউ তাবদা শুকনা মমলবা পুনাসি মংলাবা তুম-খুন হুঁনা লৈরম্বা পুক্নিং তম্না মীকপচে। চেংবানবগী ঐহাক নহাক মাহাক হায়রবা কাইনা শাকচিংগী য়ুংপদা মীহৈবা ঐখোইনা উঁবাকীদমক সুর্গী ইম্লবা নুংঙাইবগী মউান খজিকং উজবা ফংঙে। মপু অমতগী শাংয়োন্নি, পন্নী পমতগী মতানি — নিংথিবা য়ুথন্না তপনা তপনা কাওরকই মীহৈবা ঐখোইনা থবাই শাইনা চেংবাবা মকহৈচে

Oh ! then a longing like despair
Is to their farthest caverns sent;
For surely once, they feel, we were
Parts of a single continent;

It is time to arise,

To race for the promised prize,

— The sun flies, the wind flies —

We are strong, we are free,

And home lies beyond the stars and
the sea.

C. Rosseti.

তোর্ষাগিংহ।

বসন্ত-উৎসব

— অর্চনা —

মহামহিম শ্রীল শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজাধিরাজ

নৃপচূড়ামণি ভক্তরাজর্ষি শ্রীকৃষ্ণসেবাবিনোদ

চূড়াচন্দ্রসিংহ সি, বি, ই,

শ্রীচরণ-কমলেষু। —

---

মতম কুইনা য়াংলিপ্রবী

ইমাগী

—অহানবা— য়ারাই— চৈজিংদি পাইখিবা,

য়ারাই — থোইগন্দি ফংখিবা,

লৈখাদনিদি তারবী

ইরোনগী

চেংফমানিদি ওইরিবা,


CENTRAL LIBRARY MANIPUR
115/৭৭
IMPHAL

থৌজাল থোকপাকি মাইথোংদা

নহাক্কী

লিকলাই ইবুঙো নিংথৌবেন,

মনাগী থম্মোল তেন্‌বাংলেন,

শ্রীযুক্ত মনাচবুণা

বসন্ত-ঈশ্বরগী,

তোপ্পবা অথেংবি

ভক্তিনিদি সেম্পাক্তা

কচ্ছরি ঊাগদি,

থৌজানবিংদি পুকচেল্লা,

নংগী চাওবদা নগল্লা

লৌবিনি মথেলি

তোপ্পবা খুয়াথাগী।

ননাই

তোম্বা সিংহ।

ইমা ইমা হোগিংলোনে ইমা,
থাকপলোনে ইমা,
উঁসিদি ওইন -মল্লোবা !
মতম কুইনা য়াহিপলরী;

নহা খোকক্তেনবু তাদ্রবী,
ওইন ইরাসু কন্দ্রবী
দৈতথোকলোনে ইমা,
ইরাদি মিৎস্নু থম্বাম্বা !
খীতম্বাকুং চাওরবা,
খারোন্নিদং তাংলবা,
পন্নুগ চেংলৌ খংদ্রবা,
নচানিদও তোন্নবা
কৌরংগনে ইমা,
উঁসিগী কোরৌ নুমিত !
ইমাদি খুমলা মিংগৌনা
নোংথক নোংখানির কাওনা

৮ লাইহরুন:

বসন্ত-চৈরেং ।

লীচিং-খুঙ্গি পায়রিবী

বসন্ত চৈথং ।

লেউকউ ইমাও,

মজুগী লিংলা মুঁচিংবী,

বসন্ত-চৈথও ।

হৱিনা নকু পুকলিবা,

খুমন্না মাইংগী কললিবী,

থাদন্না চৈদা পকলিবী,

নগানা চাংদম ওইরিবা,

মাইথোংনা নপুং চেকলিবী,

লেউকউ ইমাং,

নিংথিবা নাপন চেকলিবী

বসন্ত-চৈথও ।

অচৌবি নতলাগনা

পুকনিংদগী নুংাং হৱাংনা,

—বসন্ত য়ুাহং—

বসন্ত চেংলৌদা
কনানো হে শাকলিবা,
কনানো হে শকলিবা,
খুঁমনবা থোক্কবা।

মাঁকপনে চেংশোম্নি
নংগী য়ুাকাই চৈজিংদা,
নংগী নুংশি-মাঁচিংদা
তিজগদনু পুন্নদি।

লুপচরে মনাদি
নংগী থৌগন-ইনৈদা,
নুংঙাইরগী ইপাক্তা
তাওজরে পুন্নদি।

কাইচেরুন।



তেংই পান্নিরদি পুঁমুনা,

নখোলদি থম্বাশা

টৈলঅ টৈলঅবা কুনা।

শাজরি শতিয়ানা

থব্রান্না থাফলা শাইশদি,

কচ্চরি থাজনা

ইশেরা থাবনগা টৈরাদি।

কচ্চরি শাতেগনা

নিলখিবা পাকলরা খুদাদি,

ওকচরি টৈরাশ্না

নওঁশা নিলখিবা অথেরি।

কচরি শারুতি

থব্রান্না শতিয়া তম্বাশা,

ইটৈশগা থৌগখি

হারনা চকজরি উতোশা।

নিলখিবা পুঙথানি

খৌগন্নে ইথলা ইপাঙ্গা,

## — ইরাৎপা —

কচ্ছরি জগোইদি

মাঙলবা পাম্মনগী ঊপাদা !

### — বসন্ত কোম্বিরৈ —

থবান পিনিং লিনিং থোকলগুম,
থৈরা পিলিং লিনিং থানবগুম,
নেরাংগী থাকুঙ্গা,
থিয়াগী ওয়াঙ্গা,
লম্ফেনবু নাম্বাদি কোম্বিরৈ,
নপুংগী নিংথিবা কোংনরৈ,
বসন্ত ওয়াঙ্গা
লংবানবা লৌরুক্তা
ফুইনা হৌবা নোংদু উনজনা,
নোংগী নিংথিবা কুচুনা,
কচ্ছরি খুংথোক্তি
নিংথিবা জগোইদি

থানবু কায়বী শানৌগুম
গুল্লোন-নেহনা শাবী নুগাগুম,
খোকলি খোইবি য়েনলৈবি
হাইবি হুমলি নৌরি
নহাক্কী খোঁগাদি ইনৈদা,
খোরালেবা অন্তক ইনৈদা।

— বসন্ত চিংজাউ —

লোইরি চিংগীনিদি কাপ্লংনা,
মগুগী চিকলবা চেংলোনা
নৈহাওনা মুহনা পাই,
থম্মান্না থৈনা পাই,
নৈত্তেনবু লৈরীগী পখেদি
তাইরং-এঙ্কানিংহনা — লৈননদি,
থাবুগ মাংদদি
উলিগী কোরৌদি,
কচ্চরি নখোংবু থম্বাকা,
চংজাঙি ইললা খুত্তমদা।



— বসন্তদা —

ফেহৌশা চেকৌবীাদি লাইরেম্বীা,
ইল্লবা লোমথাকম ওইরিবী।,
খোনশঙলে উঁসিদি
লংবানবা চৈরৈদি,
মাতেম নল্বা খোল্দোরবদা,
নমজরে সিঙ্গুবা লাইবক্তা
উঁড্রাবা চিনবাশি,
হরাওবা পুকনিংদি
চকাংজরে চৈরেগী ইপোমনা,
ইলহৌজংলে মোমোশি মী।নোক্না।

— বসন্ত কুম্থ —

মালেমগী ইপোমনা ঠৈদুনা,
দৈরাংদি খিবিকনা
নৌরবা খুলেমনা,
মেতৈগী কাংলুপি পুম্বনা
লাজরি জগোইদি।

শংবানবা নুংশাদি
হাবুা খোইমুংগাদি মটেংনা
শকচারি ইথৈদি,
পুকনিংও হুবদি
হেন্দবা থাংলবা খোজেন্না।
নুংশিদা ইথৈনা
নিংথিবা জগোইনা,
পুকনিং শুংগলবা চিংজাওনা
মিঙ্কু হোন্দনা
উন্দবা পুকনিংনো
যেংজরি কুমৈ ইচিল-হুন্না।

থাজগু নুংবা ভাঙাক্রা
চোংজরি থাজনা
নুংশিনা উঁতবুরা মচোংদা,
মকলকলে থাজদি
নুংশিগী থাহঁনবা টৈমচাকনা,
কপলকলে ইঁচেদি
ঘ্রা-ঘ্রা-তোঙলব-ও থোক্কেন্না !

— কঙনবা —

কনাগী য়াথংবু পুদুনা,
বসনু মাপংনা
হুমগি তপনা তপনা
নুংশিনবা ইপাক শিনুংনা ।

কনাগী পুকনিংদি মতুংইন্না,
চান্নবা ইপোমনা
হৌরকসিটা য়্রাংনা,

নিংলবা ঈশাকম্বিদি থুংনা ।
উরীনা পামেলগী লেংবাম্বা
লোকচরি য়ামুঁনা,
চুঁপচারি পামেন্না
নুংশিগী থৌরাংদা মাইথোংদা ।
নুংশিগী ইংলবা তম্বাঙা
শংজরি খৈচেন্না,
ভকচরি ঈশাকনা
খৈচেনবু চেজেংনা তম্বাঙা ।
উচ্চরি অতিয়া তম্বাঙা
নুংশিংগা থাজনা,
নোঁজরি অহিংনা
পেল্লবা নমনু তম্বাঙা ।

— নমনু-অহিংদা —

থেংলবা অহিংদা
শেংজারি লোকিখি চেপানা,
চচ্চরি পাউরুদি তুমিন্না
চিকলবা লাংলৌদা ।

– বসন্ত অহিংদা –

তাজবু মাইলম্বা

থৌরাংবা পাম্বী লাংউবু,

চান্না বসন্ত-পুকনিংবু

খঞ্জবু পাংনবা।

চেংসবা খাংদনি

লৈতেংলে শংবানবা চৈবুনা,

নুংগা থাজগী মতাম্না

লাংজেং নমথাংদি।

ভকতবু পাম্বু

নুংশি-চনাভনাগী লীচিনা,

মিংম্নাদি নিংশিংবা লেংগাংবা,

যেংজবু পাম্বু;

খুমজেং চিংথৈদি

কাংইনা অতমনু গুদুনা;

— বসন্ত — মহিংদা

লৈহৌদনা নুংশি-মলাকপা
মপোথরে মহিংদি,
লুংকলে চিংখৈদি
চনাওপোক-থম্বে-ও অভিয়াদা।
ইনুংশী লাইজদি দৈবানা,
কপ্লুকলে থাগ্রদি,
হিকলুকলে পাচেশি
বাই বাই বাই লাওনবু হিক্রুনা।

——————————— - - - -

—বসন্ত-লোটৈহবা-লোটৈর্বা-

উজরি খোইমুনা
মকনা নোকমবদি টৈকোম্বা,
কাইহৌজরি চলাগ্না
মথোন কারিদি টৈরাংদা,
ইজত্রি টৈরাম্মু
বসন্তগী নুংশি কাচিংদা।

— কানু-কলাইহন্না-কলাইহবা —
চনাকচরি থীচিদা চৈরাবো !

---

— নিংবা কৈমাজা —

টৈলচিনগী নুংশি-উন্ন-শংবু
শাজরি তিয়ানা,
সেনজরি চেন্না
ওলবা বানু-শাজবু !

নুংজা মবুকনিং শুংলেনা,
হুংগাই অমুক হন্না
চলমচৈ অমুক হন্না
কুমদি অন্নু হন্না !

শাটনী মবুকনিংদি শুংজেনা,
শাজরে নিংথিনা
শাজরেবদো ডান্না,

থবান থাওঁমৈ লিশিং লিশিংদা।

শংবানবা চেঁরুনিদি খুংদা,
হোংজরে তিয়াদি
খোঙ্জরে শিকলাংদি,
নিংখোঁজুরেন্না নিংথি উঙা।

নুংশিবা কুঁথ্রদি কয়াবু,
শান্নবি অহিংদি
মংজাগি পানিদি,
নুংশিবা মঙোন্নি কয়াবু।

মীকাঞ্জ নুংশিবা মঙোন্দা,
হৌজিক্নু পাহিংদি,
মখক্নু থাজাদি
নুংশি-খাইবগী উংগাওবা।

— নিংবা ঈপাঙ্গা —

নিংবে-কাইবুরনি তিয়ানা
উদংলে লিকলাংদি,
হুজেংকলে থন্নাম্বি
নিংথিবা মণিবু ঊাওদূনা ।

মুরা চৈচিনগী মাইথুনা
কুপথরু মাইথোংদি,
কপজকলে হিকনদি,
শিনুরি লাইজদি ঈরানা ।

— জতিয়া ঈপাঙ্গা —

কল্লিনা নুংশিগী শীচিংঙ্গা
ইরুডৌ নংনো পীনবলে ।
নুশিভি চুপদা,
জতিয়া ঈপাঙ্গা ।

লৈচিনগী নুংশি-শান্ন-লোন্দা
মনিংদু তমনা শান্নবদা
ঈপাক্পু থুংনদি কোইদো,
লৈখিদ্রে লেঙবা
মাইখিদ্রে ওকচবা,
কমনু কৌবীদি শানৌনা
চান্নবা কোয়োবু পুদুনা,
ক্লচরি হিকনদি
পুকনিংদু শোকনদি,
হিকলা কোইজংগী খোজেন্না
খাইন-মৈলানিদি লাংবনা,
কুচযি যাইথোংদি
য়াচংবা তিন্দুদি
হায়বীগী খাইনবা ইমৈদা,
কাইন-মতমনা লাকলবদা
উচ্চরি কোয়বীদি
লেন্নবা পুকনিংদি,

— অতিয়া শৈপাভা —

উতোক-পকপনিদি মঙান্না,
নিংহেন-চাবনিদি খোংখান্নো,
চেংজরি শানেনৌবু,
খাঙজরি লৈনবু,
লোইবী-মাগোমদক্তা তুংহন্না,
তুংহেন লোইনা চেংবো মিৎচেংলো,
উচেক্কি য়াবদি
নুংশিগী মৈচাক্তিং
কল্লিদা নুংশিগী লীচিংলে,
ইবুঙৌ নংনা শীনবলে।

— নুংশি লৈমা —

ধন্য সতী নুংশি-লৈমা,
মপুংগী পুকনিং লোয়নাং,
থম্মোই-ভিয়াগী খাজং,
নত্তনা শাচেংনেন ওইবিং,
বুজনা লাতেংনেন ওইবিং,

মুগাগী লৈরাং তোমখিক,
মালেমদু স্বর্গ লোক্লিত,
পুনশিগী অমুক ইচেলত,
লৈতেমনা য়াতা ওইরিত,
নোংলেমনা পোৎথা ওইরিং,
অরানবা খুত্তম চিংথিং,
ইশেলা খুত্তম পিরিং,
ধনগা হিত্তং নুংশিলৈমা।

---

- অরুবা কোংদোকপা -

ভিক্টরি শীনবা লীচিংদা
লেংথানবা পুম্বা,
চেক্চিরি ভেংবাননা
খুনবা নিংলিবা পুকনিংদা।

নুংশিগী শীনবা লীচিংদা
লুপনরি পুম্বা,

ঙসি থৱাইনিদি থৱাইনা ।

ঐদি নংগী মীচিং থৱাংবদা
চহাৎনরি লাল্লগো
চহাৎনরি খংহকে,
চান্নবা মীপুংবি পুঁনসিন্দা ।

ঙাইবং অহিকনিদি মথাক্কেবা
নোংকদি থাকনা লাঙৈনা,
কপালি হিকনা লোকনা
মাচলঙ্গী শঙ্গাইদি মীনোঙ্গা ।

কাংথোকলি তৌদৈবা থবক্তি
অরেম্বা নাপন্না,
পল্লবা থাখন্না
লোকনজরি নংগী পুকনিংদি,

[illegible] [illegible] মীদবু
চাউনিংবা শাজংনা,
পংলবা বৃাখন্না
চৈহৎলি তোল্লবা মীদবু।

পাঙল-নোংপা-শিং উবদা
খজবি চাংবৃদা,
নিংজবি বৃাংলেদা,
তমথী খুদুমনিদি চীংবদা।

তেংবানদি শিনুংনা চেল্লিবা
পীনবা নংনদি,
খজবুতদে খাঙি,
নুংশিগী লীচিংদি নিংথিবা।

লমদমবু ওন্নোকনদি তামনা
লাকলেদো ইবুঙৌ,

কানরে ইবুঙোঁ
মতমবু ভন্থোক্নদি কুইনা।

লাংপথোকচরি নঙোংঙ্গীদি
থোংথোংলদি খুঁদিংদা,
মীকুপ্পু খুঁদিংদা
কাঊজরি চেংলৌবু নংগীদি।

ঐগী নংগী মীগী ব্রায়েন্দা,
পংজবা ব্রাখন্না
লুপুনা থৈদুনা
কাঊজরি নয়াখং পুঁনসিদা।

হ্রাচচ্ছবা নং নুমিত্তি খুদিংদা
টেঞ্চরি ভত্তনা
পঞ্জবা থৌরমনা,
পীনবা পুনসি কঞ্জবদা।

ইদুঙৌ, নিংথিবা পুকনিংদো
　　পাক্কমি টৈকদৌটউ,
　　ফংগনি টৈকদৌটউ,
ভেংবান-পাচিংবু ইন্নিংবদো।

নহাক্কা নুংশিবা থোজান্না
　　নিজরি পীনৌদা,
　　লুগচরা পীচিংদা,
ভেংবানগীনিদি, মোমোন নোক্না।

---

— হায়জবা —

　　　　পীননি টৈকদৌটউ
কন্নবা উকনা লুকচবদো,
　　　　ফংজনি টৈকদৌটউ
উফুন্নিথভা ওভবদো,
　　　　শিন্নুনি টৈকদৌটউ

আসংআ... ...িন ইচেবা,
মাংমানি টৈকদোটৈউ
ইবুটৈঁা, হ্রাংনবা নাপবো,
খংজনি টৈকদোটৈউ
চেংদেবা হাগৈবদি নংদনি,
উজনি টৈকদোটৈউ
মধোংনিদি পানরা ডেস্তান্নি,
তাকনীনি টৈকদোটৈউ
ডেংবোশি নহাকী শাডোন্নি,
খংজানি টৈকদোটৈউ
লেংই-পান্ত্রিবদি নহাকনি,
খংজানি টৈকদোটৈউ
ঐহাক-নহাক-মাহাক হাগৈবদি
শাগৈদেদি টৈকদোটৈউ।

— বৃাকথপা —

পান্নেনি ইথৌদি
ঐীনি পূনাসিদি

খঙ্ক্রবি ঐহাক্তিং
মীকুপ্তু খুদিংদা।

কনানা পীনবা পূনসিদি,
করিনো মমন্থি
খঙ্ক্ররুদে খঙ্গি,
নিংশিংজেদ পূকনিংদা।

ভাংলবা লাংডৌন্নি,
গামূবা থোৌজান্নি
থূপলবা খূসেমনি
পীনৌদা শকচবা।

মপূর্গী সূমলবা মাথংদি
লূবুবা শিন্নাদি
মকোকপূ থোংনদি,
লাডৌন্নি পূরিবা।

— য়াম্লনু মটেংদি —

নিংখিবা মীসেমনা
লোইরে খুঁসেম-লৌশিংদি,
কোংদোল্লে নহাক্না
থুঁপল' নগুঁণ পুঁম্নদি।

পীনরে লাউঁম্বি
অসুং তাল্লে' মপোক্তা,
পীনদ্রে পাম্বনি
মতিক-অকপা ঐউঁম্বা।

সেম্বিঘুঁ পূনসিদি
থৌজাল' মতিক-চানবা,
য়াম্লনু মটেংদি
কাজেদা পীনবা।

ইবুঙৌ পীনবিষু মিতি
নুংশিরা থোৌজান্না,
ইজরা শিন্নাদি
পুরিবা তেংবাপা,
খংজেবা মমদি
পুনসিগীদি নাইনা,
তেংবানবগী শিনবাংদু ইরৈদি
শকচবা ভুংইন্না।

---

— পীনৌদা শকচরা —

পীনৌদা থোৌজান্না
লাঙৌন ঐগী চুপাদা,
শকচরা তত্তনা
খোংথাং ঐগী খুদিনদা,
য়াথং মাগী ঊকলগা
শিন্না মাগী পাংলগা,

— শীতেবোঁদা লকচবা —

লাইজদি কোকোম্না
ভাকতগুঁ ঈপাক্তা,
লিতেউঁদি লৈমম্না
লৈনম শিন্নাঁ য়েন্নগা,
চঙ্জবগুম মালেমদা
লৈরাং-পূনসি লোইরম্দা,
পুকনিংদি হরাওনা
চঙ্জগনি মাথৌঁদা,
তিক্রনি নুঙাইনা
ইলেং মাগী খুম্মদা।

---

— লকাউ ঈপাক্তা —

শীনবা য়াথংদি,
থাবিবা শিন্নাদি,
তিনবগুম উঁাওর-মানংদা,

লূপখ্রে অকাউ-ঈপাঙ্গা,
মাংখরে লম্বাদি,
খংদরে তৌদৌদি,
চিংদি মালংনা
ইকরি উকনা
নোকচরি খাকনা,
কপচরি হিকনা।
পীনবা য়াথংদি
লূপখ্রে অকাউ ঈপাঙ্গা।

---

— তাইবং শক্তি —

শূমলি মীকুপ্পা
লৌনম্বা বাশীনা –মালংপী,
তারি ব্রাবদা
তাইবংদি শজিনা –পংবগী।

৪০ কাইরেন। — তাইবং খজি —

লংলি মাংলদি

নীকলবা শটেম্না,

লেপলি ভূঁন্দদি

কীবুরা বিংরাটনা,

শনখ্রে য়েৎলদি

উঁকলবা ঈপাক্না,

থাকখ্রে ওইদদি

দ্বার হায়গৎলাংলো,

তারি বৃাবদি

চেল্লুবা মাইটৈদা,

নংলি য়ৃাবদি

চোংলুরা খুঁদিংদা।

চিল্লেকলে তেংবামদা
　　খুঁতঅংদি পালোইনা,
থাদোকলে মাপংদা
　　লোন্নবা শূশংনা,
পীনদ্রে মওঁাম্নি
　　মমলবা পুঁনসিদা,
মমখরে পুনসিদি
　　অহানবা খোংথাংদা,
পীনবা য়াথংদি
　　থোকখিদ্রে নিংশিংবা,
থাবিবা শিন্নাদি
　　পীনদ্রে খংজবা,
হৌরকই নোংহৌনা
　　নোংগোক্তি মাইকৈদা,
কুল্লদ্রা নোংথোংনা

কুপথরে পুনসিদা,
হুমলকলে নুংশিহতি
উ_উ-উবু নাউনা,
হৌরকই ঈথক্তি।
নিং-কাঈবা পরেংনা,
লেপথরে ইহ্নি
পুঁনসিদি ঈথক্তা,
নুপথরে লৌশিংদি
উঁকলবা পুনসিদা।

---

_তেংবান ঈশাক্তা -

করুমনা নানগনি ইরুঁউঁা,
ঈশাকলে,
পাকলবা ঈশাকলে।
হৌরুকলে নোংনু

পুম্মু মমনা,
শিন্নুকলে নুংশিংসু
উ উলাক্না,
হৌরুকলে ঈথকসু
ঈপাক শীন্না,
লুপকদৌরিমালে ঈয়াইদা।
থোকলি ঈরৈ না
চোকলবা খুদাংদা,
নোকলি নোংখাংনা
লোন্নবা পুকনিংদা
চোংলি ঈথকনা
ফোণলবদি হীদা,
খেংলি নোংহৌনা
লাকনিংলবা হিদা,
লাক্কদৌরিমালে ঈয়াইদা।
য়্যারুনি চিংখৎপা
হিনা লুংলবদি,

ৱাৱুনি পাংজবা
পীনবা শিন্নাদি,
চঙজকম কয়াটৈ
অৱাবা ঈপাক্তা,
হাঈজকম কনাটৈ
ভেংবানবদি পূম্বদা,
নঙনা নখোংবূ থম্বাগা।
ৱাজবে হাঈনবূ
থৌজানবিয়ূকো,
নঙজবে হাঈনবূ
নুংশিবিয়ূকো,
চোকলবা খূদাংদা
পীনৌ পাম্বনি,
হন্নবা পূকনিংদা
পীনৌ থৌনাদি,
তাজরি নখোংবূ থম্বাগা।

কাইরেন।



পুমচিং চিংবিযু

হাঙ্গজদে,

পুময়েং য়েংবিযু

নিঙ্গদে।

ঙাইজরি তেংবান্না

নংবু য়ানদি,

য়েংজরি পুম্না

চিংনলম্মীদি

লমজিং নংগী ঐপৌলাংবনা

হে লমজিং মৈয়াও পাঙৈরিবা,

অমম্বা চৈশুও অঙোইবা,

পুনসিদি লিশিংও চিংলিবা,

চিংশিযু থৌজান্না

খুজেংদি লাকুনা

মীকুপ খুবদংদি লাপ্দুনা

পংলবা য়াখন্না

— ভেংবান-ঋপাক্তা —

য়োল্লবদা,
পল্লবা মিৎথেয়ুন্না
লাল্লবদা,
পূনশিংগী লমথাংদা
মক্লবা খোংচত্তা,
নুংশি মোমোমান্নুদি নোক্নুনা,
নুংশিবা নমমদো ইবুংঙৌ,
শীনৌদা লাঙৌন্দা
চন্নবা নঙৌন্দা
পূকনিং খোইমুদি।

---

— ঋন্নেরোন —

নন্না শীনব্বা পুন্নদি
শুকচবু হরাওনা,
পূকনিং লৌশিংবু হকচাংদি।

যোমোখি হব্রাওনা
নুমিৎথা চৈগশিং নুংশিতি,
পেক্ক রি পুকনিংথা
পীনহৈবব্ উবদি ।

অনৌবা লাক্ল মতমদা
করিগী শুক্লুনি,
ইহৌং নংগী নোংদেমনি,
করিগী কক্লুনি
অব্রাবা তার মতমদা ।

নোকনা পুজবা উম্রদি
অব্রানং পুনশিদা,
মরুনা তম্রনি হার্ইনদি
পীবিয়ু ঐউংগা,
নুংঙাইবা খোজান কংলগুম,

পূকনিংদি ইলংদা
মোমোন মোমোখি নোকপগুম।

পীনবদা নৌজববু
মোমোখি মীনোক্তা,
ইবুংঙৌ নংগী থৌজান্নি
তাকপিয়ু ঐউঁান্দা
শিংখনি নংগী লম্নদুং।

---

— ইশ্লবা খুঁভম —

নংগী লাউম্মা তেংবান্না,
বসন্ত-তম্নাক্তা
উান্নি মোমোম নোকনা,
কন্নু’নিংথেম লালা।
নংনা তেংবানবু খংনবা

হোৎনরি কয়াদি

খুঙমদি ইংলবা

অন্নাগা তুঁন্দদি,

দুবু পীনদে হাঙ্দূনা

থৌজান-পান্‌-মিতি,

খঙজদে তেংবান্না

থুঁলবা পুঁকনিংদি।

---

নন্দা। — নংনা জয়রু ওইয়ু —

নুঁমিৎ-থা পুঁম্বনা

নয়াঙ্‌ং তুঁংইন্না।

মাগী মাগী শিন্না লৌরিবা,

পাংলিবা কাঙ্দনা

নংনা জয়রু ওইয়ু।

চৈ-থৈশিং-নুংশিৎনা

৫০ নমদা । — নংনো জয়ুবু ওইয়ু —

নয়াম্বং কুঁকুনা
তেংবানগী নুংঙাইবা শিন্নবা,
হরাওদি হরাওনা
নংনো জয়ুবু ওইয়ু।

নংগীদি পুঁকনিংনো
তেংবাদি পুন্না,
মুংশিবা মংনোবা লুঁগনিদা,
লেন্নবা নুংঙাইনা
নংনো জয়ুবু ওইয়ু।

নুংশিবা নবমনা
পুন্নবও কন্না,
লেংই পান্নবদি অপুন্বা
মীচিং অমত্তনা,
নংনো জয়ুবু ওইয়ু।

---

হৌগংলো, মীকপলো, ভূমলনো
হে ভামলবা লংটৈ,
মতমনা লৈরিবৈউ　　নপান্না কদিবৈউ
লাংজহৌরে লংটৈ
চেংজেন্দি পমূং হন ভূমলনো।

হৌগংলো হে লংটৈ ভূমলনো,
বাগনি পূকনিংদি
মতমনা লাকলবা　　খোংখোনো হৌরবা
কপকনি হিকন্দি
লাংজহৌরো চেংজেন ভূমলনো।

মীকপলো হে লংটৈ ভূমলনো,
চেংজেন্না য়ামদ্রংদি
ভামলিবা লমদমসে　　চংতৌবা মকমসে
য়োৌরোইদৌরি মংদি

দ্যোমজহোত্রো চেংজেন তূমলনো ।
উকলনো হে নংটৈ, তূমলনো,
লাকলেদো তেংবানদা
ঊাকচরো য়াথংদি পাংথোকলো শিন্নাদি
মপূগী পূকনিংদা,
মীকপলো মংলাপা তূমলনো ।

হে তামলবা সমদমগী নংটৈ,
কিবূন নবূক্তা
কন্নবা থৈবুসে পাকলবা থৈপাকসে,
কুমথরো থৈয়াইদা
অমূক কমলগনূ হে নংটৈ ।

কোথরো থিরো তামলবা নংটৈ
নূনসি-হীরেন-থক্তা

ঈথৎ তরেৎ লাম্বা পুন্দাই মাপন কাওনা
তক্নবা মপুদা
থদোন পামজবা মনো লংটৈ ।

— থোইজান ঈথৌ লাল্লবা —

হে থোইজান-ঈথৌ-লাল্লবা
কমলনা হৌগৎলো
থোইজানবু মাগীদি কনজগে নিংলদি
কপলনো হৌগৎলো
হে নিংথ-কাই যাত্রা ওইরবা ।

থবাই হকচাং অমতা ওইনা
মিন্নবা তেংবানদা,
কচচবু থবাইদি থবতা মাগীদি

পূনসি নপী চুপ্পদা
ভেংবোনবদি লানকমদা,
সামান্নবা মরুঙ্গা
মপুগীদি মমাংদা,
　　লানগী অগোই শাৱোলাও।

থৱাই লাঙনা কভূনা,
অৱা অনা কাউদূনা
লানজিন ভন্না থংদূনা,
খুদাং কবুক চিঙ্নূনা
নুপা থোদাং উৎলো লাও।

পীনটেংবা মপূনা
　　লাঙমৈ কাৱাণ পীগনি,
চহি কূমচা লিশিংনা
　　মরু ভন্না লূকচনি।

নিংথী নিংথী লাউঁনলে,
লাইজ মংগী মপোকলে,
নাইদে পেনবা য়েংবলে,
লৈতে ওকপা ফম্লে

কোবো নুমিৎ চংদা,
মংগী ইল্লং তোরবাদা,
অবোক মীগী লাউঁখা,
অহিং নুংথিল অনিদা।

থবান লিশিং পমদুনা,
থাজ থাদা কোম্লুনা
অৱা-অনা লৈতনা,
হরাং-ইশৈ শঙ্নুনা,

থৌদু-নুঙাই মথক্তা
ৱারঃ লংঙৈফ খোংচত্তা,
তমলি মপু থুত্তমদা
অহিং নুংথিল অনিদা,

কল্লং নংগী মীচিংদা
লাইনিং নংগী পরৈদা,
থৌরম নংগী লেপলদা
মাইথী মতম মীকুপ্পা।

---

— মীনৌ পুকচেনসে —

মীনৌ চেকলা পুকচেনসে,
হয়াও থৈথক কাবসে।

নোইরীচিংগী চিংদোম্বা,
পামেল উগী উতোম্বা,
পুকনিং তিয়া তম্পাক্তা
তমজি মালেম লৈকোইদা,
লোকনুং মনুং খুদিংদা
চিংয়া তময়া কোইবদা।

— পীতনৗ পূকচেনলে —

হব্রাও হব্রাও পূকনিলবূ,
বূলশি নগ্নী কোলোপবূ
পূনাসি-থীকূপ খূদিলবূ,
সোজগনি চেগ্নবূ
মকতগনি নগূণয়ূ,
তিজ্ঞগনি গাচিলবূ।

নোলদম-থীবা লাইবড়া
পান্নু' নগ্না থোজাপা,
পব্রা নগ্না ইপাড়া
কাউজন গীরো সাডাঁপা,
কাউনি নলবূ থাকূপ্রা
কাম্বৈ নগ্না থম্মাইদা।

---

উনি বসন্তু-য়াকাই-তেম্বোনগী

থোংজিবা,

নহার্কী নকমদা

ঐহাক্তি চার্নীচনি।

কবি পীনদ্রবসু

নিংজ থূন্দ্রবসু

ঐহাক্তি চার্নীবনি।

লাউঁান ঐগী খুদিংদা

চপ্পা থিংগে নিংলে'সু,

থোংজিন খাগে খল্লু'সু

পীনৌ হে মপোক্তপদি ঐহাক্কী,

চার্নীবগী লাউঁাবা,

ঐহাক চার্নীহনি।

খাউদি উঙা য়াম্বুনা,

নর্গী হেংলৌ হন্দুনা

পীনৌ চংজবদাদি নহাক্কী,

চার্নীবগী কীজেতা,

— চাক্নীবা —

পাং জুরেম্বি খুদিংদা
চিংখান টৈবি' পুমুদা,
উপান-থৃপান খিবিক্তা,
শীরনৌ রে কোলোইদদি নহাক্কী,
চাকনি' ঐগী লাউঁবা,
থৌজান নংগী পল্ল'দা,
চাকনি পট্রু চেৎনবা,
ঐহাক্তি চাক্নীবনি।
শীরনৌ পকচবদদি নহাক্কী
নগূণনদি পচৌবা,
কোজবনা থদ্রাইনি,
শোজ্ঞবনা ইথৌনি,
নিজবনা নুংঙাই'নি,
খজ্ঞবনা ফইং'নি,
ঐহাক্তি চাক্নীবনি,
লোজ্ঞনি লাউঁন খুদিং ঐহাক্কী।

কংগ্রা খৌজাখি

সেঞ্চারি অহিংবু,

থুংগ্রা নিংবাদি

উাইজারি বানবু,

অহিংবু চুপাদি

থাম্বংলি নাকোংদিং,

খেংজারি কোম্বৈনদি

তাবরা ইখৈদি,

হৌগরে পুনসিদা

অহিংদি কয়াবু,

ওইনো ম্বৈরাদা

তিনখরে পুকনিংবু,

অদুবু ওকচারি

থাজদ' অখেন্না,

অদুবু নিজারি

শীতনৌদা খৌজান্না ।

— থৌরাংবা অহিংদা —

থল্লৈ মখা-পানবদনা
ভাইজেনে ইশৈদি
ভাইজ তুংহৈন-উম্মদনা,
শকটৈচনে ইশৈদি
অপুবু শকলংদি থক্তিনবিদুনা,
নুংশিবা নংগী থৌজান্না,
তারোইদ্রা নাকোংদি,
হাংলবা হেকন' থোক্কেন্না
খুঁমলোইদ্রা লকাদি।

---

— বসন্ত চৈজিংদা —

লাকউ হে
বসন্তও চৈজংবা,
থাইমু শকলোন পুরিবা,

লৈরাং লৈথোং য়ৈরিবা
লৈকোন খূদিং শূংলিবা,
তেংনান পূম্বা পূন্নিবা
লৈরাং য়াকাই শকলিবা,

উংশৌ হে

মূত্তং থম্মোই লৈতেংবা,
কূইনা পোমল' লৈরাংদা
লাংগা উমদ্রু' লিতেউবা,
য়াকাই থোজ্জেন ইনল'দা,
উনি য়াকাই কোরোঁদা

নোকউ হে

মূত্তং নূংশি নীচিনা,
লৈরাং হাইফং য়েংদূনা,
থৌজান-নৌর পূকচেন্না,
লৈরাং লৈশক য়েংদূনা,

— বসন্ত চৈজিংদা —

শিতৌন চৈ খিদনা,
ইথৌ লাংলে খকুনা,
পুন্নু হে
বসন্তগী নীচিংনা
খুঁসেম — লৈথোং ওইবনা,
নুংশি চান্নু নীপুন্না,
থেকনা নোকপা লৈরাংনা
শাজনি জগোই লৈনা,
তপনবিগনি নথাকনা ।

---

— বসন্ত মাণংবা —

তপনা তপনা শিন্না থুংনা
লুমলকলো মাণলো
বসন্ত — লোয়্যীনবা,

খেংনা লাঊনা  হাইনা হুমনা,

মোংহল্লা মাঙলবা

থৈরাংদি অপুম্বা

য়েংনা লাকনা  মতাওইনা,

খোমজল্লো মাঙলবা

থৈনমাদি অপুম্বা

থৈনা লাকনা  খেংনা খোঈনা,

লাহল্লা জগোইবু

থৈরাংগি থিবিকপু

পুল্লো চেংনা মতাওইনা,

বসন্ত-লিচিংনা

চেংলবা লীপুন্না,

কোঁইরো থংনা  থৈখোং থৈনা।

---

— কচচ্চবা —

টৈহনম টৈনম চুঁবুবা মালেমদা
কচচ্চরি তেংবান্না,
থোংলবা টৈরাংনা,
ফুকাইরুবা বসন্ত-তম্পাঙা
নিংথিরা খুদা নথোং থম্মাখা।

করি কচচ্চনি ঐদি নওঁম্বা
পুঁকনিংবুঁ টৈরাংদি,
পোমলিবা পিকনদি,
কল্লবা ঐগী পুঁনসি টৈপাম্বা।
চাজদ্রি নতিক নখোং থম্লম্বা।

কচ্ছগদৌবা মওঁই খুদাদি,
থৌজানবু কল্লগা,
ননমুঁ ভাবুগা,
ফুঁকাইনা শাচ্ছরগা টৈরাংদি,

কলে পুনসিগী পিকল দৈপাম্বি ।

কচ্চৰি খুদাদি
        মমলবা পুনসিদা,
কজঙৰি নকমদি
        পুনসিদি চুপাদা,
মম্মিৰু হাষ্নৈদি
        মচংলি নাটৈথনা ।

ৱেংজৰি ঐনদি
        লম্বীৰু ব্ৰাজনা,
উঁজঙনি ৱেংবিযু
        থাজদি লিলিংনা,
লেংবদা লেংউকউ
        নুৰনা মউান্না,
পেজঙনি নবুঙ্গিং

— কচচ্ছবা —

নিংথিবা উবদা
মোকচনি মোমমোম্বি
উংঙ্গুবা চিনবাম্বা ।

---

— লাইরু —অথেন —

---

চঙ্গরি উঁসিদি নংশীরু নকমদা,
পুনসি —লৈরাংদি অথেন্না,
নিঙ্গরি লুকনদি লৌবিনি অথেম্বি,
নুংশিবা নংশী থৌজান্না ।
কংলিবা লৈরাংদি তংলিবা মমিদি,
চামদ্রি নখোং থম্বাম্বি
লৈজদ্রি ননমদি খোকচাদ্রি লৈশাঙ্কি,
উঁসিগী লাইরু অথেম্বি ।

লৌরগা খৌজান্না তারগা মিৎয়েংনা,
খেকনা লোকনি লৈরাংনা
শনগনি হে চেংনা বসন্ত-লীচিংনা,
লেনগনি নবুঙ্গা নংনা ।

---

— বুদ্ধদে কৎনবা —

নাউথনা চৎপদু
ইরাংদতে তৌবরা,
লাপুনদা লৈবদু
থোংইদে তৌবরা,

লৌবদি লৌনিংদে
লাইবুবা অথেম্বি
চৎবদি চৎনিংদে

৭০ লমদা।

— থ্বাচ্চদে কম্নরা —

লাইহু-থাংলোক-লংদি।

কৱিসূ থ্বাচ্চদে

কম্নবা নটৌথা,

লৈতবা লৈজদে

লাইহৌবা পুক্কদা।

ওক্কনি লেংঙ্কউ

নখোংদি থগ্বাথা,

হুককনি লৌবিযু

নিংথিবা নঙ্গা।

শীনবা পিদি

লেংদুনা পবেংবু,

অহাংনং থিবিকতি

পুনসিদি চোম্বু।

লকচরি উঁসিদি
ইংলবা থুমলবা খোজেন্না,
অচৌবা নগুণদি
বসন্ত-য়াকাঙবা তেংবান্না ।

ইচিক হুন্ত্রিবদি
ঐগী পুনসিগী লৈকোন্দনি,
চেকলা খোংদাবদি
ঐগী লকলবা উমংদনি ।

জদুনা নংশীদি
হন্নবু য়েংদনা মচংলি,
চিকলবা উমংদি
চিকপদা তন্না মচেনগংলি ।

— শকচবি নগুণাদি —

চেকলাগী শগু লাল্লমগনি,
অচোবা নগুণাদি
চেকলা খুদিনা শকলমগনি।

নুংশিবা ইচৈশনা
উমং অপুম্বা নিল্লমগনি,
খুপলবা উনংনা
ইচৈশ খুদিংদা খুমলমগনি।

---

— পুনসি টৈচেকোম্বা —
লাংগনু কুকাইনা
হাগনু টৈনমনা,
পুনসি টৈচেকোন শিল্লা
নিংথিবা নমিংনা

বসন্ত-লৈরাং ওইদুনা।

ফাসন্‌ লৈনমনা
চুপসন্‌ পুকনিংনা,
লৈহাঁ নিসু পেন্না
খাংসন্‌ লৈশিন্না
বসন্ত-চেকলা ওইদুনা।

থুমলবা ঈশৈহেন্না
হ্বাংলবা খোন্নাংনা,
সকসন্‌ নগুণদি
মিনসন্‌ ইনিন্বি,
থুঁপলবা লৈকোন চৈশেনা।

— থম্মোই তিয়াদা —

থোক্সনু তম্না,
ফাওসনু নঙান্না
থম্মোই তিয়া পিন্না,
নিংথিবা চেংলৌনা
কন্নু-থাজ-ওইদুনা।

ইনননু তম্না
খাংসেনু তৈপিন্না,
ননাক্তা সেংদনা
খোইরাংলো পুকনিংনা,
চেক্লা নোংয়ীনবু ওইদুনা।

থক্সনু অমৃতি
পেজ্ঞনা নবুজ্জি,
পক্সনু নগুণদি
মশানু মুগনদি,
মবুক পেন্নবা চেক্লানা।

লমদা ।



ঙাইজরি থৌরাংনা পুক্নিংদি নোংষ্টগোনা
হ্রাৱ পুনসি—কৈরাদদি,
থৌজাল্লাইজবু থিকপদি,
নিংজরি ফংলেদি থিংগচ্চরি উত্তি
মীকুপ মীকুপ্তু খুদিংদা
ঈথৌরাংলবা অহিংদা
কৌজরি লাইজবু লৌনম্মি চেকলাবু,
থৌজাল ফংদবা পুম্নোইনা,
চেকলাদি হিক্লো খোজেন্না,
ঈকৌদি খুদিংদা মীকুপ্তু খুদিংদা
নিংবা তত্তনা কাঈজরি
মাইথী তত্তনা ফংজরি,
ভজরি পুক্নিংদি হ্রাদৌবা অরোদি,
মিৎলূর্গা ওইন ঈরাদি,
থৌজাল—ইখৌ লাংজবদি ।

নুঁমিত্তি চুপ্পদা
পুঁনসিদি উমংদা,
থম্মাইদি চিংজাওদা
　　নংশা খাইন—মৈনা,

চিংজাউবু তুমনদি
নাপোমং লান্নদি,
লমজাউবু শিন্নদি
　　চাক্সনু উংদুংনা।

পুঁনসিবু চুপ্পদি
মালংবা মনিদি,
থিসনু হ্বানদি
　　পুকনিংদি নাপিনা।
ময়ুংসনু চিংনদি

নহাক্কী লম্বীদি
তেকলবা লগাম্বি
পূকনিংদি চেকলানা ।

খৌজাল কল্লুবদি
অরেমনি পূনসিদি,
সকলনু চেকলাদি
লোকলবা খোজেন্না ।

---

— চিংবিয়ু পূকনিংলু —

টৈনমনা চুঁবুবা
লৈনমনা হাবুবা,
নাগোমদা নিংথিবা
অম্বাঙা নুংবা,
কুঙাইনা লাৎলবা

— চিংবিয়ু পুকনিংবু —

লৈনমদি ইংলবা

শিঙেঁশি লৈরাংনা,

নুংশিবা লৈনমনা

চিংজংগুম লাইনা,

কোকপীবগুম লাইনা

পীনবগুম পেন্না,

লৈহীঁ লৈরীক হোংনা।

চিংয়াদা তময়াদা

লোকনুংদা পাৎয়াইদা,

লমজাওদা লশাংদা

ঈনুংদা য়ানুংদা,

য়াহিপ্পা খোইমুদা

তামপবা লমদমদা,

চিংবিয়ু পুকনিংদি।

য়াহিপ্পা খোইমুদি

লোতপু নালংদি,

শাভুনা কন্নদি
নাগোমদা থমোইদি
শাগুনা তৈনমদি,
নুংশিবা ননমনা,
মাকপা খোইনুনা
নাগোমদি শাগুনা
উনংদি কাগুনা
নহাকপু তমদুনা,
সাক্সনু পাইদুনা
খাংসনু তৈশিন্না,
নহাক্তা তৈদুনা
শক্সনু তত্তনা,
হেক্লবা খোজেন্না
সোইদি থৌগন্না
নগুণদি থাগুনা
লুপসনু য়াখন্না।

— চিংবিয়ু পুঁকমিংবু —

নংগী ইশৈবদা
মীকপনা লাংউঁাব্বা
তাংলবা পুংনসিদা
নখোংদি থমূঃঙ্গা
তাসনু পেল্লুংদা।

---

— কোরৌ-হনবা —

লনা-মানবা নংসকনা
থৈয়দুনা
কোরৌদি হনবা
থৈরাং পুন্নিবা,
মাচ্ছহন্নু ফঙাইনা
পুনসি শৈগাঙ্গা
পোামশি থৈরাংদগে
নংগী মাঃইকৈ থেংগুনা,

লেল্লি শিটউনলে
লোংজা চুপপদা
ৱাজনা,
খাইন-মৈশা লাংবনা।
নুংশি-খোইরুম-মোমোন্না
য়েংবিযু
পুকনিং থম্মানবু
উমলবা মৈংগাবু
কোৱৌ মউান পাঁদুনা
পাঁনৌ মৈৱাংদা
ইখৌ-লাংলদা
লাকলে ইনুং উঁক্ষুনা,
নপাউ নুংশিদি
কোঙ্গুন চেজেঙি,
কোকীযু
মৈশা মাগী খোঁজান্না।

—থাম ওইনদি—

থোকউ থোকউ
থম্মোই তিয়াদা থাজ ওইনদি,
থোকউ,
পূনসিদি ঈপাঙা
থোমণিবা মৈরাংদো
শিটউঁখি থরোদো
থোকউ,
মৈরি লম্বী। য়েংদুনা ৱানদি
থোকউ থোকউ।
চেংলৌ নংগী। কোম্না থাদবু
পূজৈ
কোরৌদি চুপ্পদা,
চাকলবা মৈচাকপু
নুংশিবা নংগী।বু
য়েংজৈ,
থৌজান নংগী। লাউঁখা কোংলেবু,

## থোকউ থোকউ।

---

### — কয়া নাপলি —

কয়া নাপলি হাপৈয়ু,
কয়া তামলি হাপৈয়ু,
কয়া বুংলি হাপৈয়ু,
নাপলি কয়া তাকউ,
　খৌরাংবা মতমদো,
　খোইমুগুম শংবদো,
　চেকলাগুম কোমুদো,
　টৈরাংগুম ইংবদো।
ঐ হাপৈবা টৈখোন্না
ঐর্গা কৌ গোথলুমনা
অদ্রা নং য়োক্সিংনা,

— কয়া লাপালি —

অপংবগী হংনা,
তাজরি তোউঁখা
ব্রাজরি ইথম্বা
নঙ্জরি ইাদা,
লোকহন্নি তেংবাম্বা ।

---

— লাকউ —

লাকউ, লাকউ,
করিগী নাথৈনা চংলি
লাকলবদা ।
চিকলবা উঁসি তাংলোদা
থেংলবা উঁসি নোংজাদা,
থেকনা নোকলবা থাবদা
ফুরাইরবা বগনুদা
লান্ন ইথৌ-লাংজবনা,

নোঙ্গম থীবৃবী শানৌনা
নুঙা মপারু কুনা,
নুংশি থুংব্রবী পুকনিংনা
য়েংজবি নংবু চিংনদি,
ব্যানবু নংগী লমাংদি
ভুজংলি শউম ফংবদি,
লৌনম চাউরা মংলার্গাদি ।
চেকলাগী খোজেন ভাবদা
নংগী খোজেন্নি থনবদা,
য়েংজে কোইনবু তেংবাপা
হয়াতরনিও ইখনা ।
পল্লবা নংগী খৌজান্না
থমোই কাংব্রবা পাহিংদা
শিন্নবি তোল্লবা মিংসদা
অবোন ঈত্রানা কোদ্রৌদা !
লাকউ লাকউ,

৮৬ লমদা।

— লাকউ —

করিগী নাটথনা চৎলি
লাক্লবদা।

---

— থূপলবা —

কংদবা নহাকনি
মাওইবগীদি হাথন্না,
থূপলবা নহাগনি
থূংপল খিবিক্তগী হেন্না,
খংদবা নহাকনি
নীংচিং—কল্লবা খষিনা,
উদগা নহাগনি
লাইনিং লাওঁনসু লিগিংনা,
ঙঙৈরোই নংদূদি
চামলক ওল্লবসু লাওঁন্না।

লমদা ।



— খুপলবা —

পাঁনৌ শকলোশি

তেংবান থন্নবু উাল্লিবা

উজবা মিতদি

নুংশি-পুকচেনও চাউরবা ।

---

— নিজবা —

থাজ-মোমোন-মাইথোংদা

পাঁনৌ হে উজবা,

মোমোন নংগী মাঁনোকতি ।

লৈরাং-তনৌ-মাইথোংদা

পাঁনৌ হে যেংজবা

ইংল নংগী চেংলৌদি ।

চেকলাগী থুমল খোজেংশা

পাঁনৌ হে তাজবা

নুংশি নংগী খোজেংশি ।

— নিজবা —

ঈনুং লিকলা খিকাদা
পীদৌ দে খংজবা
পামূ নংগী পুকচেশি।

---

— খুঙোন চাগা —

লৌবিবি নহাকনা
পামেনগী চেংলৌদি,
ইংজবি উবিনা
চাকলবা পুকনিংদি,
কচ্চবি উবিনা
নাচোম নুংশি খুদোশি
হাইনা হুমনা থেকনদি।

নিংজবা নেম্বাকা
লৌবিবি নহাকনা,

পামেনবগী চেংলৌদা ।

থৈবিবু নহাকনা
— তপতপ ত-তপ ঈপাক্তা —
হৌরবা পুখোক্সি,
শাজরু তুবেন্না
— মূংশি নৌরু শাথেক্তা —
থেকচারু মীকুপ্পা
নুংশি-ঈঁওরু-শাথেক্তিং ।
মাংজরি নওঁৌক্না ইংলবদা মৈচাক্তিং ।
নোংপীরু নহাকনা
— খোইরুম মোমোন ইংলদি
নুজা-পুকনিং-লুবদি —

লমদা।

— নকলোব চাগা —

থাজদি চেংলোদা,
নৌজরি নোংজানা
— নুংশি হাষ্টবুগ মাচিনা
নুংলি তেঙ্গা খোংদুনা —
বসনু—জম্যাজা,
থুমজ' নুংশি মংলাপা
নুংশি—বখৌ—কোকল—বদা।

পান্নরি নহাকনা
— নুংওঁাই— কুম্মে কয়াদি
তেংবান—পুকনিং থুংনদি —

নকলোদি চামদা
পেজ্ঞরি ভাদোকনা
খৌরাংবো পহিংদা।

থৌগল্লি তেংবান্না তেংপানবা পুন্না,
নিংথিবা অওঙ ইশৈদি
থাগচ্চরি য়াংনা নহার্কা খুৎসেমনা,
অচৌবা নর্শা নগুণদি
তিংবিযু ইবুঙৌ থৌজান্না মবুঙৌ,
হিকলবা লকা ঐগীদি
নিজরি পীনৌদা তোপ্লবা ঐঙৌপা,
নিংথিবা নংগী ইশৈদি।
পল্লবা থৌজাপা লৈরবা শোন্নাংদা,
কাঙ্গগনি নংগী পুকনিংদি
লৈহৌনি তেংবোঙ্গা য়ারবা খুৎসেমদা,
মপুং ফাদবা থৌরমদি।
য়াগনি ভাবদি কাইবদা খোঙ্জেলনি,
কাঙ্গগনি তেংবান লীচিংদি

তোপলবা খোঞ্জেলো য়োংগনি নাকোল্দা,
শোক্কনি নংগী পূকনিংদি।
নিজরি তিঞ্জবা নিংথিবা, কন্নবা,
কাপ্পদবা নংগী ইগ্রৌশদা,
নিজদ্রি লূপচবা হে ইশৈবু হনবা,
নহাক্কী তেংবান পীচিন্দা।

---

– চিংখৈ লৈমা –

উঁউবা নখোংদি থম্মান্না
তেংবানবা ওঁান্নিরী
খুকুমজৈ ইমা,
চিংখৈ লৈমা

নহাক্কী থৌজানগী ফীনানা
শোকপদা,

পূকনিং—তুজুংলিবী
ভেংবান —মীকপলিবী
অনৌ ইহুনও হাপ্পুনা
পুনশিদা,
থৌদাং—পাংনরিবী
খুরুমজৈ ইমা,
চিংথৈ টৈলমা ।

---

— য়াচং টৈলমা —

থৌজান-খুদোল হভুনা
ভেংবানবু ওকলিবী,
পোংথাবু পীরিবী,
খুরুমজৈ ইমা,
য়াচং টৈলমা ।

৯৪ নমদা। — য়াচং টৈলমা —

মাঙংগী হুমাইবু পান্দূনা
ইঙেদা অমাঙা,
টৈমাবু চোকলিবী
মপাওবু হংলিবী,
মোমোক্পি মাইথোংদা
খুংকুমতৈ ইমা,
য়াচং টৈলমা।

য়্বাজরে খঙ্দুনা থৌজান্না
মঙলানবু পিরিবী
পা-হুম-ও শুমলিবী,
হার্বাদি খোঞ্জেংবা
খুকুমতৈ ইমা,
য়াচং টৈলমা।

---

খুরুমজৈ ইমাও
নখোংদি থম্মাদা
নোংজাদি লৈমও
উসিগী কোয়্রৌদা,
চোকলবা তেংবান্না
অয়্যাবা পোকথোকখ্রব ওইজবী।
ইংলা ভ্যাতা,
লেল্লুদা কোয়্রৌনা
নুংশিব-থৌজান্না
অহিং-পুমোই মিশেং-থাংলিবী
য়েংদুনা চেংলৌদা,
মিংকমদি হোংদনা
য়াইফবা য়াথঙা,
খুরুমজৈ ইমাও
লাইনিং-লৈবুনিও চেংলবী
নখোংদি থম্মাদা।

## — মপুগী থৌজাল —

মপগী থৌজালবু কনানা লোইগনি থাদুনা
অহিংগী তাংলৌ লাকলগা
মাতমমনা ভাষ্পুল হুল্লগা
ইললবা অয্যাঙা, লোংজাদি চুপ্পদা,
থব্বান মিৎশ্লাদি জিপিংনা
য়েংবিরি তাংলৌবু লান্না,
লোকপি চিংনা য়েংদুনা থাজ লোলোন
মীলোকনা,
কোকো মলোতিং লিশিংনা
য়ুকাই খুরাংদি চাগনা,
ইনুংনা ওঁল্লগা মালেমনা লেপ্লগা
মীপুম খুদিংবু নিকুনা,
ইনুং উঁন্দ্রকলে হায়দুনা,
হৌদোকপি নহাকনা চকলাদি য়ুকাইবোক্তেন্না
কল্লবা তেংবান লানকমদা,
মপুগী লিন্না য়েংবদা,
চোকলবা মালেমদা হিকলবা পুনসিদা।

নংগী হায়ু মালং লোয়ুনা
কোকপি পত্মাগা নহাকনা
নংগী। থৌজানল কনানা লোইগনি পঙুনা।

---

পজিবু।          — খুমেম শাচিংনা —

ঘাঁকুপু খুন্দিংদি
চিংশিগ্নি নংবুদি
ঐগীবু ইফমদি
থুপলবা খুমেম শাচিংনা।

শকলোনবু চামদি
খোংথাংবু খুদিংদি
উংলি ঐঙৌবদি,
পাদুবু চংলি খুংদনা।

৯৮ শজিবু।

— খুঙ্গেম নীচিংনা —

পন্থৌগী চেংলৌদা
চিংহিম্বু চুঙ্গদা
ইংলেবা ভুম্বাক্তা
কোনবিরু পলেমরু ওইনা।

মরুপর্কা চেংলৌদা
কনদি অম্বাবদা,
তাইবংগী ইরাংদা
লৈহৌই শংদো উমদনা।

— পুনসিগী লৈরাং —

নোংলি নংনা লৈরাং ওইনা
নিংনবা লৈপাক্তা,
কোকলি পাইনা গোমোন নোকনা
অদ্বানং পুনসিদা,

নোকনৈ থেকনা  মাইথোং শাগনা,
নুংঙাইবা ইপাক্তা,
কৎনৈ পুকনিং  শন্নৈ পুকনিং,
খোংথাংদি খুদিংদা,
নংদি নংদি  খংদে নংদি,
মালংগী ইরোংদা।

---

– নংনা নিংবা থুংউ –

পন্নৌগী চেংলোদা
লম্বীনা লান্ন'দা
খুজেংবু লাইদুনা খামলিবা,
অচুম্বা লম্বীদা পুরিবা
লমজিংও পথোইবা,
নংনা নিংবা থুংউ।

লমন্নুমগী চেংলৌদা
ইংলবা তম্বাক্তা
অহাবা পুম্বা লোকপিৰিবা,
থৌজাল লাইজনিসূ খিংলিবা
থৌজাল-ও অথোইবা,
মংলা নিংলা থুণ্ডৈ।

লাংনৌগী চেংলৌদা
মোমোখি ইংলংদা
চান্নবা থোংবুৰু ওইৰিবা
অহা-নুংঙাই পুমিন্নৰিবা,
থোংবু-ও অথোইবা
মংলা নিংলো থুণ্ডৈ।

ৱাংবা পুনসিদা
মকুপকী চেংলৌদা

পাম্বাম্বু অন্নদি ঙিংশিনা
নিংহন-চাবা পুকনিং ঙাকশিবা,

ঙাকপো-ও অথোইবা,
নংনা নিংবা থুংউ।

ঢেংলোনবা ঈশাক্পা
পুনসিগী ইংথক্পা,
ইংঢ়োই-পা মন্নিদি ওইরিবা
নৌঢ়েম্দি -পাম্বদুনা কমলিবা
ইংনাও-পঁ অথোইবা
নংনা নিংবা থুংউ।

— লেপশিয়ু মাংদদি -

উন্নদবগুম্বনি
নংগা উনজবদি —খোংথাংদি খুঁদিংদা—
কৌনদবগুম্বনি
নংগা কৌনজবদি —পুনসিগী মংলাম্বা—

মুংখিবনা মহাল্লি
নউঁান ফংবগুম তৌরদি,
মংলান্নবু মশমলি
নপোন ভাবগুম তৌবদি,
মুংখি নোংথাং মীকুপ্পা
শুকনব—গ অহিংদা,
তিনখি নোংখোং অহৌবা
ইউঁাগীদি তিয়াদা।

লেপশিয়ু মাংদদি,

চৈংলৌনিদি উত্না,
ভেংবাননিদি পুখুনা
লৈং-পাম্লিবা খিবিকনা,
নুমিৎ-থানা চিংবনা

মরুগনিদি লুক্কুনা,
খোংবিনিদি চপ্পনা
চংজরিবা তত্না,
থৌগন্নিদি কাংইনা
নিংথি নংগী শককমদি ।

থুবিঘু চহ উঙাদি
ভেংবাম্নিদি শুমলিবা,
শুচোনিদি পুম্লিবা
ঠাচিংনিদি লৈংলবা,
কোকচোংইনিদি কম্বা

১০৪ শজিবুঁ।    —লেপশিয়ু মাংদদি—

চান্নশীচিং নিংথিবা,
হোইবিযু হে শজেনবা
খোজেন্না পূমলবা
শনবোই নাইতোম চারুবা
মাইকৈদগী নংগীদি।

---

— মপুদা —

নংগীনি হে গুনসিসু,
নহাকনি হে মিহুনসু,
— হকচাং শিন্না চেপ্লবা —
নয়াথংনি লাকপসু,
নহাকথংনি লৈবসু
করিনো হে লাপলিবা।

টৈপান্নি হে নহাক্না
টৈবুাংনি হে ঐহাক্না
টৈকা য়ামনা ণোমলিবা,
ঈপাকনি হে নহাক্না
কোঘোন্নি হে ঐহাক্না
কবিনো হে লাপলিবা।

লভোকউ হে টৈখখি
ঐহাক-কৌবা-লমথখি
নংগা ঐগা খান্নিবা,
লোথোকউ হে কাজংদি
মমলবা হে মালংদি
নংগা ঐগা খল্লিবা।

---

থাওটম দিদিংবা ঁউঙু' তেংবাদা
চংজগে থোবুকলে
নিজগে লাকচবু,
উঁসিগী নোংজাদি
কপ্পুনা হিকনাদ
চপ্পুনা থোংবিদি
থাওটম অমত্তদি
লেপ্পবা ঙ্গাজনা
ঙ্গাংলবা থাওটমনা,
মমল' পুনসিগী লাইরু খাংদোকংলা।

পংল' ঙ্গাথন্না খটক্কে মীকুপ্তা
থৌরবা নাপন্না
হৌনবা মীচংনা
ঐগীনি মিৎয়ুদি
শিন্নুনি অবুংদি ঐগীনি।

ঐগীদি উক্সমদি
লুকচনি তন্নদি
থুংগনি নিংজবা
ফংগনি পামজবা
থাজনি থাওমৈ মমল খাংদোকপা ।

খংজরে হে ইবুঙো উসিদি,
তাংবদগী তাংবা
তানবদগী থ্বাবা
তরুংনি লুবুবা,
ভক্তিনা পোকলবা
উকসমনি লুকলবা
নাপন্না পন্না থারবা,
কংলবা নঙোম্বা
নখোংদি থম্বাম্বা
শীভইব—ও · ঐহাক্কী লাঙোম্বা ।

— পূনসি মল্লাঙ্বা —

পীচনৌ চহ ইংলবা নওঁান
মমলবা পূনসিদা,
কলু চহ পংলবা ইরৄান
উঁতৄবা মাপংদা।

অৄানবা থৌবুদনা
চিংশিগ্লি অমম্বদা
খোংথাংদি খূদিংদা,
পংলবা ৄাখল্লা
গুছিংঙ্লি চৈথাদা
মাঁকুপ্লি খূদিংদা,
পীচনৌ চহ ইংলবা নওঁান।

খুঙ্গংব্লি কোংগ্রেলদি
উঁদা ফাগাও থল্লবু
চহৄাগী মহুত্তা,

চংজরি় অটপ'গদি
ভূংই লোনম্বা মালংবু
চ্যুনি ব্যাখণা,
পীনৌ হে ইংলো নউান।

পীনৌ পীনৌ ইংল নউান
মমলো পুনসিদা,
কল্লু কল্লু পংল ইড়ান
উাওড়ো মালংদা।

---

— অউকগনি —

অউকগানি ইব্রুডোঁ, নংগী কুটম্বেসে,
যেংদূনা খংদ্রো নভে নংগী নতোসে।
পীনব্রি নাব্রাদি
খোরবা লিংজেখি

— অউকপানি —

মবেন কীদবা কীজ্রিদা,
পোনবনি মখাদি
তেংবোনবু পুমুদি
খংহল্লি মাকুম্বা
নাব্রাবু পুরুচাম্বি
মবেন হিজিবু পাইবদা,
অউকপানি ইবুঙো নংগী কুম্মসে।

থুকহল্লি পুকনিংদি
ব্রারকলি নাব্রাদি
মপু চিকলবা চেংলৌদা,
মানবি পুকনিংদি
ইজনি য়াথংদি
খোংথাংবু খুদিংদি
পুনসিবু চুপ্পাদি
নুংশিনা কীবা ব্রাউহদা,

অঙৌকপানি ইবুঙো নংগী নতৌসে ।

অহোনবা থোংথালনে

লোম্নবা খুসংনা

নাব্রা মপান্না ফবুদা

থনম্মি মথম্না

পুনসিগী থোংচেঙা

অকবা লম্বীদা

তেংলোনগী নোংদমদা

মাইরোন চুমনবু লমজিনবা ।

য়েংদুনা খংবা নত্তে নংগী নতৌসে ।

কপচবি নাব্রানা

শোকহৌবা মীকপনা

মপু-মহেনবু কৌদুনা,

তুংহন্না য়েংবদা

চেংলোনা থাংখুদা

পুনসি-লম্বুখাংদা,

– বসন্ত–মওক–ইচৈ –

ইকৌ – খৌবাংবা, পোংথা – পোংথাকম,
য়ুাভা –য়ুাভাকম, নামিবা –নামিবনা,
মাইথা – মাইথাবা, চেকপাগী – কোকিলগী।

– বসন্ত–ব্রাহং –

মীকপলে – মীকপ থোকলে, য়ুংকাঈ–চৈজিংদা
– য়াকাইবোঙা।

– ইবাংগা –

তিয়ানা – অতিয়ানা, অথেম্বি – অথেন–পোক্তি,
হার্বানা – হার্বা –নোংনাংনা, মাপংনা – নুংশিংনা।

– বসন্ত–কোম্মিটৈ –

নাহ্রাদি –মচাদি, কোংনটৈ – কোংনবা টৈ,
নুজা – নুপীজা।

— লার্ব —

— বসন্ত চীঙ্গোউ —

লোইরি — চীং, কৈরেংনবু — কাইরেংবা মাংপা,
খুঙমদা — মকমদা।

— বসন্তদা —

খোংদারুংদা — লাকলবদা।

— বসন্ত কুম্মৈ —

মৈলৈগী — খোংগম মৈলৈগী, শংগোমগী নুংদাদি —
ইশাখোংদা নুংদাদি।

— বসন্ত শীচিং —

ঈরাং খোংয়ুম ওইরা — লৈগী মরুপ ওইরা,

— চান্নবা লীপুন —

নুংশিগী — নুংশিনবগী, ঔচেন্না, — তুরেন্না,
নুংশিনা — নুংশিবনা।

— কৎনবা —

মাংজরি — তিঙ্কজরি, নৌজরি — ক্ষেজরি।

— বসন্ত অহিংদা —

চচ্চরি পাউবুদি — বৃা পূজরি।

— চিকলবা তাংলৌদা —

নাচিকনা — ভূমিন্না নাকোং পকনা, নুংশি-মংলাখা

— নুংশিনবা ভনিগী মংলাখা।

— বসন্ত-লৌইহবা লৌইহবী —

কাইহৌজরি — থেমজরি, মথোন কাবুবীদি —

ফুকাইনা শাৎলবীদি, নুংশি-শীচষ্ঠি — নুংশিবদর্গী।

চৎপা নমজানবা শাজভি, খুদোনখি — খুদোন পোভি।

— নিংনবা ঈপাঙা —

নুংশি উন্ন শন্দু — নুংশিবা উন্ননবা শন্দু।

— অর্থ —

— ৱাকৎপা —

লাটোঁন — মটোক।

— য়াম্লু মহৈদি —

খাঁচেম — খাঁওইবা য়ুচেম।

— পীনবিয়ু —

নুংশিবা থৌজান্না — নুংশিবদগী লোকপা থৌজান্না, শিনবাংবু ইথৈদি — মথৌ তৌনা তৌনা তেংবান্না লকপা ইথৈ।

— পানৌদা লকচবা —

চৈমন্না — চৈমন চন্নবা, চৈরাং পুনসি লোইরংদা — চৈমন চন্নবদা।

— অকাউ ঈপাঙ্গা —

ভাওবু—মাপংদা—মথাওবা তেংবোনগী ইরাংদা,

— ভাইরং শব্দ —

মালংশী — তেংলোনশী, বিরাইনা — শাদানবনা,

— পূনসি লমখাংদা —

পান্নোইনা — পাইদূনা, থূংবনা — থূজ্জতোভুনা, ইছুখি — পূকনিং ইছুখি, ঈথভংগ — ঈপাক মথভংগ।

— তেংবান ঈপাভংগ —

ভাজব্রি — খুরুমজরি, পূম্বনা — থপূম্বনা, লমজিং — লমচিংলা, লাভুংনা — পাইদূনা, য়োল্লবদা — থয়োনবা তৌরুংদা,

— ইংনয়োন —

নোংদমানিং — লাইংভা ভমজুবনি, অয়ানং — অয়াবা অনংবা, শিংবনি — লমন শিংবনি।

— ইংজবা খুভম —

লাউঔম্বা — লান ঔম্বা, থৌজাব-শাংল-মিতি — থৌজান্না শাংলবা মিতি।

নংশিবা — নুঙাইবা, মগ্লাখা — মগ্দা।

— তামলবা মংহৈ —

তামলবা —তামলবা মমদমদগী, মীকপলো —মীকপ থোকলো।

— থৌজাল ইথৌ লাংলবা —

নিঙ্গবা — থবক-ইনিন -চৌবুবা,

— লাউম ফীবুান কংনিংবা —

পজেং — অকন মথৌনা শা লাখা কংবা নিংথৌগী মনা কোক্তা থেংপা।

— মীচৌবা মৈচন —

মীচৌবী — মীনা উদা মীচৌবা, থাদা —থানুংদা

— পীতনী পুকচেনসে —

চৈতোইদা — চৈনাই পম্মুদা, চনাংদম থীবা —থীনা তনলবা, পন্ন —পন্নবা, ফদ্দুবা, কাউজন থীবা — কাউগনবা,।

— চাকনাবা —

চাকনাবা —মপুগী থৌজাল নাবা, বমনু য়াকাই —

— চাকনীবা —

লাক্সবদা মীক্প থোক্সবা, ফোঙোয়দি-মিংদাদি।

— থৌরাংবা অহিংদা —

থাজদা অথেন্না —থাজদনা, মনা পানবদনা শিংলবদনা, তুংইন উম্বদনা —মপুংগী পূকনিং থল্লদেনা।

— বসন্ত চৈচিত্রিংবদা —

বসন্ত চৈচিত্রিংদা —বসন্তগী চৈচিত্রিংবদা, লকলোন — লকমচোলল দগা, য়াকাই —য়াকাইচোন, মুক্ত —অমুক্তং।

— বসন্ত মালংদো —

মালংবা —নুংশিং, মলয়াগী, বসন্ত লোয়নিবা — বসন্ত-অরূপ।

— কচচ্ছবা —

কুকাইবুবা —চৈনা কুকাইনা শাথলবা।

লাইরু-অথেন — লাইরুগী অথেন লোং, লাইরুবনা কৎপা অথেন লোং।

— ব্রাচ্ছেদে কৎনবা —

মাইথনা — ঠৈথদুনা, লাইরু-খাংপোকপংদি — লাইরুবগী খাংপোক্তি, গুটক — পোং টৈপক।

— শকচরি নগুংঙি —

থুপলবা উমলবা — উমংগী থুপলবা শরুকনা।

— থম্মোই তিয়াদা —

নোংইন — থাগী মনাক্তা পাইবা উচেক মখল অমা, অগৃত্তি — অমৃতদি।

— পুনসি টৈলকোলবা —

থুপলবা টৈলকোন — টৈলকোনগী থুপলবা শরুক।

— পুংনসি চৈত্যাদা —

নোংপোনা — নোংপোকীনা, ইথৌরাংবা
অহিংদা — ঔগিং থৌরাংলগা অহিংদা,
অয়োম্পি — অয়োনবদি।

— পীনোদা মৈচাক —

নাপীনা — জিন্না, অয়ুমনি — অয়ুম্মুনি।

— চিংবিয়ু পুকনিংবু —

নাপোমদা — চিংগী নাপোমদা, য়াহিপ্পা — তুম্বা,
লোকতক নাপংদি — মাপংগী লোকনুংদা, লোয়ুমদি
থৌগল্লা — লোয়ুমন থৌগল্লা, মীকপ্পা — মীকপ থোক্লকপা।

— লোয়েংহিনবদা —

নফেকপা — নওঁান্না, নোংজা — অহিং।

— থাজ ..ওইনদি —
লোংবরু — পীনবরু।

— কয়া লাপলি —

শংবদো — য়াইশংবদো, ইংবদো — পুকনিং ইংবদো।

তাংলোঁদা — মতমদা, নুংশি থুদুবী —মপাম্না ফংদুবী।

— থুপলবা —

থুপলবা — থুপনা তৈবুনা

— নিঙবা —

থাজ মোমোন —মাইথোংদা — মোমোন নোকলবা থাগী।

মাইথোংদা, তৈরাং তনৌ মাইথোংদা —তনৌতমৌবা তৌগী

মপঙ্গা, চেকলা-খুমন-খোঙ্গেঙ্গা —থুনবা চেকলাগী মখোঙ্গা,

ইনংগী। লিকলা তাবদা — অক্কুর্কী। লিকলা তাবদা।

— শকলোন চাম্বা —

শকলোন চাম্বা — শক মতোল মথাং, পান্নন-অঙাং, নাচোম
নুংশি খুদোম্বি — নুংশিবগী। মফমদা নুংশিবা অমনা পীবা তৈ

নাচোমগী। খুদোম চোং, নুংশি নৌড়ু শাথেঙ্গা — নুংশিবা

অমনা নুংশিবা অমগী মমাংদা তেক্নুনা নৌদুনা চেংপা শাথেঙ্গা,

নুংশি উঁতেৎ শাথেঙ্গি —নুংশিনা উঁতখিদুনা পুথোকপা শাথেক

নুংশি হাইরুপ মাচিনা —নুংশিবগী মফমদা হাইরুপ তৌদুনা নুংশিনা

থেংবা, নুংশি তত্তা থেংনাদুনা — নুংশিনৈ থম্বা তাতুনা

অমুক হেন্না নুংশিবা চেংহৈহনবা।

লমজিং–ও অথোইবা – লমজিংবা অপুম্নগী অথোইবা, খৌজাল–ও অথোইবা – খৌজালনৈবা পুম্নমক্কী অথো–ইবা, খোংন–ও অথোইবা – খোংবু পুম্নমক্কী অথো–ইবা, নিংহন চাবা – হন্নবা, টাকলো–ও অথোইবা – পাখং পুম্নমক্কী অথোইবা, হীরোই – হীরোনবা, নোংখ্রেম – নোংপাক অচৌবদি, হীনাই–ও অথোইবা – হীনাউ শাবা খিবিক্কী অথোইবা।

– লেপপিয়ু মাংদদি –

নোংখোং – নোং খোংবা, মক্কেনবা – ষন শনবা/ ষনবোই – নাইতোম চংগা ষন।

– মুগদ্রা –

হকচাং শিন্না চেন্নবা – হকচাংগী কায়াং খুদিংমা চোংলিবা, নহাখথলনি – নংগী দমকনি, কবিনো – কবিগী নো, লাপলিবা – লাপনবিবা, ঘাম্মা – ঘামনা, ঐহাক কৌবা লমখনি – ঐহাক হাইবা

টৈথাশি।

— চঙ্গেগী থোক্লকলে —

ভত্ৰণনি — শীনি।

পুনাসি মল্লাখা —

থৌদ্ৰগনা — থবক্না।

— পউকপানি —

নাহ্‌াদি — ঙউতাঙদি, কিদবা — কিদবা পুকচেল থোকহনবা, নাহ্‌াবু — নাহ্‌া ওইরবু, থুক্কহল্লি — হাহল্লি, মপু — মপুনী, মপুথৌগী, নুংশিনা হাবা ঘ্নাটেহদা — নুংশু নুংশিবা, হাসু হানা হ্নাটেহদা মপুথৌগী, মপান্না ফবদা — মপাক্ত ঙাউরবদা, নোংদমদা — নোংদম ওইবদা, নুংশি-মীৌৰ্বে পুকচেল্লা — নুংশিবদগী নৌপুগা থবক্লবা পুকচেয়া, চামদা — মবগ মখা পয়াম্বনা।

লোইরবা।

